# পূয়া খুৎশেমলোন




লাইশ্রম বেল মাণি মীতৈ

খুবাক ময়ি য়েংবা

# Publicity Department Government of Manipur

সরকারনা ১৯৭২/৭৩/৭৪ চহি ও চুপ্পা পাশ তৌবুনা য়েংশ্রবা সার্টিফিকেট ও ফংশ্রবা অদুগা ১৯৭৪ দা মণিপুর সরকারনা লাই য়েবীগীদমক্তা লৌশিনবিশ্রবা বুক অসে লৈবাক অমগা নত্তনা লেবাক পুম্নমক কাম্নবা ফংনবে, বুক অসিমসু য়ুমবো সুদিংগী মতেং লৌবিয়ু।

1 Geometry না য়েংগে হায়রবদি অঙ্কশগী ভাগগনি।

2 Science না য়েংগে হায়রবদি মায় অমস্তুং খোভি য়েংলগা ভাংগনি।

3 Palmsitry না য়েংগে হায়রবদি খুৎকী মচিদগী য়েংলগা ভাত্তগনি।

4 বুঠি য়েংগে হায়রবদি রাশি, চহি, নক্ষত্র, থাশি, জৎনবা,- থরাংমচাক, চৈথারা, কম, যুগ, চয়োল, মপোক থা খত্তনা য়েংগদবনি।

মখক্তা হায়খিবসিগা নং ৪ অসিদি কলম বুক ওইনা লেংচনা লক্কগী ওঙাশিংনা পুম্নমক অসি শিক্তিম্নরকপা ঙাক্কনি। ঐখোয়না ছাত্র অমা ওইনা তংজসি হায়বত্তনি। নিংথৌ ওইবা হায়বসি শাত্তিনা শেন্না ভাক্কনি নিংথৌরোল খুদিংমক্তা। নিংথৌ শেন্নবদি লৈবাক প্রজা শেথ্রে হায়না লৌনৈ। অস্নপ্না ভাকশিরম্মী মীচৈ লৈবাকী মাইবা হায়বশু ১ নৈ। উমংলাই খুদিংগী নিংথৌনা হন্না ওকুইম্নে থৌনিরোন্দা শিজিনে — থৌজিক ফাওবা চৎনরি।

# [illegible]

শেমগৎচবা—

লাইশ্রম বেলমণি মীতৈ

গভর্ণমেণ্ট সার্টিফাইড রালা

পোক্লকম—রাঠৌ থৌবালখোং

হৌজিকী লৈফম—

ব্রহ্মা রোড শিংজমৈ মখা, ককরা শবোথাইবম লৈকাই



মমল—লুপা ৩·০০

ফোঙজবা :—

লাইশ্রম বেল মণি মীতৈ

২শুবা খুৎনম শোক ১৯৭৪ ইংগী জানুয়ারী
কপী—১০০০




নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল

# য়াহৌরোল

পুয়া খুৎশেমলোন কৌবা লাইরিক অসি নহা অহল থাক্তনা পাবিবদা থরদং পুক্লিং লৌশিং ওইগদ্রা খনজবদগী শেমগৎচবনি। খুদিংমক্কী মকমদা হেন্না মপুংফাবা লাইরিক অমা ওইদ্রগস্নু যেলহৌহৈগী রারী রামনবু নীংশিংবিদুনা অহল-লমন অমদি মরূপ-মপাংশিংনা তরাম্না লৌশীনবিয়ু। মীওইবগী খুদম চাংদম য়েংবা ছায়বসি তৌদবা যাদ্রবা মরম অমনি, ঐখোয়না করিগুম্বা থবক থরা তৌবা তাবদা করি করম তৌরগা ফগদগে হায়হুনা খুদম চাংদম য়েংই। ঐখোয়না য়েংলিবা খুদম চাংদম অসি চিংনবা মরম থরদগী য়েংলিবনি, তৌহগুম্বস্নুং চিনরিবা রাখল অদো অদ্রমক পুক্লিংগী লায়না মথল অমনি। লোয়নমা সুমিৎ থরনিগী মস্নুংদা অকবা মরম লাক্লগনি হায়রে ১স্নুং থাজবা পোকলে রাখল স্নু ভাইবনিনা পুক্লিংগী লায়নাস্ন কোকলে। মসি পুম্নমক মীওইবনা হৌরকপদগী অহৌবা ওইনা চৎনরকই, লোয়ননা মীওইবনা ভসিগী লৈবাক খুম্নাই (জগৎনা) লৈরিমথৈ চৎনরগদবা খুদমগী থবক্রি। খুনাইরোমা লৈরকহৈগী রারী রামনবু অনৌবা মওংদা থৌরাংজ-বদনি, পুম্নমক ইপাইপু অবিবগী মরল ভাক্তনি, করিগুম্বা রাৎ-হৌবা অমদি হেনজিনখিবা রাহৈ কমাবু পুম্নমরা ভাকপিগনি।

য়োক শানবগী মরমদা য়েক থোৎপগী তেংবাং পীবিখিবা ইনাও (১) এম, তোম্বী (পাউজেল রাইতর) অমস্নুং পুক্লিং থৌগৎপীবা (২) ভাক্তোম কুলবীধু মীতৈ রাংথৈ (৩) মনিসনা মীতৈ কৈবুং অহুমবু পুন্সিগী ওইনা তৌবিরল উচ্চরি।

অইবা :—

বেল মণি লাইশ্রম

| হাবম | | লামায |
| --- | --- | --- |
| ১। তাইবং মপুরু থৃকমজবা | — | ১ |
| ২। ইপা মশক খঙবা | — | ১ |
| ৩। ইমা মশক খঙবা | — | ২ |
| ৪। খুৎকী ময়ি খঙ্বা | — | ৪ |
| ৫। যুম্ফমলোন | — | ৯ |
| ৬। ময়ি য়েংলগা হায়বা | — | ১০ |
| ৭। চয়োল ৭, থা ১২ গী থুদম | — | ১১ |
| ৮। রাশি ১২ | — | ১৩ |
| ৯। যুহারাবা | — | ১৫ |
| ১০। লাংফম মশক খঙবা | — | ১৭ |
| ১১। তৎনবা, থাশি মাগৈকে | — | ১৮ |
| ১২। মাইচৌ পাঞ্জিগী মতিক মগুণ | — | ১৯ |
| ১৩। পুয়াগী পাউরৌ | — | ২৩ |
| ১৪। চক্কী পাউরৌ | — | ২৪ |
| ১৫। মীওইবনা খবক তৌবদা ঊাক্কদবা মাগৈকে | — | ২৫ |
| ১৬। লৈশেম্বা মতেক খরা | — | ২৬ |
| ১৭। চয়োল ৭ কী মপুংদা পোকপা মীওইবশিংগী রাবোল | | |
| ১৮। থুবাক ময়িগী রাতৈ খরদং | — | ২৭ — ৪২ |

# পূয়া খুংশেমলোন

## তাইবং মপুবু খুরুমজবা।

(তেংথা লিবোন)

কৈয়ি নৈয়া হে খোইযুম লাইনিংথৌ মাহেম তাইবং পানবগী মবুংডো চিংগু কোরোউ ইনিংথৌ ময়াই কোরেনথকী।

চিংগু নঙান অরাবনা মমু পোংবরোনশিংগী য়াইবিরেন থরায় ওইরিবা খোইযুম নতিক উমথি অচৌবু নওাইরেম ইরাক মানা তাইমা লিহাং শাংনা উনপি মচাক কোনা তেং-খাজরকইএ তাথৌবিগনু, লাইগী মতিংচু মী কনাংনথু চায়থম-লোইএ, খুনুংগী রারী অরিববু থেকবদি মালেম তাইবংদা লৈতরেকো হা হুম।

## ইপা মশাক খঙবা

মীপুম খুদিংমক্তা নোংমগী মনুংদা ওইরবসু, মীকুপ খরনী মনুংদা ওইরবসু ঐগী মিৎ অনিনা উকবা মথৌদি তুম্বদা ওই-রবসু কাঙুম্বা অচিকপা মকম অমদা যমতুনা রাখল তৌরগা লাকশিনবদা ঐগী থম্মোয়দা মমি পুহ্মক তাহনবা হৌমী।

ঐ হায়বা মশক অদিদি ঐনা লাকশিনবদা মওং মমি লৌবা য়াদে, করিনো হায়ব খুদম য়েংগে হায়রবস্তু মিংশেল অমা মাঙদা থারগা ঐগী মমি ভই, মিংশেন অহু খুমজিনগ্রগা ঐনা লাকশিনবা য়াদে, মমি অদো লাকশিনব য়াম্রিবা, পন্দুনা লৈখ্রিবা চিংশীনবা য়াম্রি, হাপকম উপু লৈতবগুম লৈখ্রিবা, পনখিবা অদো পম্লো ইপানে। অহুবু লাইগী নিংথৌ সনামহিনে, কাউগনুকো তাইবংও ; মীগী মরোন্দদি ব্রহ্মাসাধন হায়খিএ, মীতৈদদি শকয়েং মিংশেন কৌএ।

## ইমা মশক খঙবা

মী ওইবনা য়ারক্রবা নারক্রবদা, করিগুবা খুৎলাইনা শোক্লবস্তু ইরাইথুংনা নারবস্তু ঐয়ো ইমা হায়বা খোম্লোক পীরকই, মতম অহুদা পুন্নীংনা নীংদুনা হায়রকইবা ইমা অদো গৌরিক পোমপিরক ইবা ইমা অসিটি চেংপী শক্পু নীংখিদে মতম অহুদা খনখিবা ইমা অহুদি মীওইববু অহানবা শেমখিবা, পোকপস্তু য়াওদবা, শিবস্তু য়াওদবা অহুগুবা ইমা অহুদা ঐয়ো ইমা হায়বা খোম্লোক পীখিবনি। ঐয়ো হায়বদি ঐবু য়ো—য়োকপীয়ু, কনবীয়ু হায়বনি। অহুগুম্বা ইমা অহুদি লৈমরেল শাইরোন অথোইবীনে অহুবু, ইমা কৌএ। লোইদাম থাজা তরা লেন্না লাকপবু পলেম ইমা কৌইকো তাইবংও।

পলেম ইমা অমস্তুং পম্লো ইপা হায়বসে চিংঙু নোংপোক নিংথৌ য়াইবীরেন শিদবা মপু মহাক্রা পুথোকখিবনিকো॥

পলেম ইমাগী পীবুকমুংদা মীওইবনা মীরেন পাবোৎ লোন-লিতৈদা কয়াৎ তরেৎ য়াৎলকলবা মীগী মঙং মপুং কারক্লবদা, শিংতেক শিংথারকপদা পারি ওইবনা য়েৎকী খুবাক্তা মপুং ওইনা তাইবংদা তৌরকদবা থৌরমবু য়েকখিএ।

মমোম ওইবনা ওইগী খুবাক্তা তাইবংদা তৌরকদৌবা পুন্সি ইরাইকম পুন্নমকপু মপু মহাক্না য়েকখিএ।

মীওইবনা খুৎকী ময়ি য়েংবা তারবদি নিপা ওইবনা য়েৎকী খুৎতা য়েংগনি।

নিপী ওইবীনা ওইগী খুৎতা য়েংগনি, অমুম্না ঐবু তশীরকপা ওজাশিংনা হায়বিরকই॥

পলেমগী নাওয়োমমুংদা লৈরিতৈদা ইরকপা ময়িবু মক ওইবা অহুম য়াওরকই, মতুদি পুন্সি ময়িনে, ইপা ময়িনে, ইমা ময়িনে, অহুম অসে য়াওরকই, অতৈ কয়া মরুমসে কোন্না চহিগী মতাং মতুংইন্না চোংথোরকই।

তাইবংদা অরা অনা লাকদবা, অশি-অনা নংগদবা পুন্নমকপু য়াইচৌ অমাই পুরেন ওইবশিংনা খুৎকী ময়িবু য়েংলগা থৌরম পুন্নমক হায়রকই, অরাবা লাকদববু য়াওজোননা য়েংলবদি চক থৈবদা মতম চঙদে, অরাবা কংঙবা মতমদা য়েংলবদি চক থৈবদা মতম চঙি॥

য়েংথবীরকউ, পাথবীরকউ মথং মথং খুৎকী ময়ি উবা ঙম-লক্লগনি মপু মাগী খুদমনি॥

লোক্তরিএ লৈবাকথাদা তাথীবিগনু, অরাৎপা য়াওরবসু হাপচিনবীয়ু অহেনবা য়াওরবসু লোথোকপীয়ু। ময়াম পুন্নমক্না য়ানহ্না চৎনরকপবু পুয়া কোএ।

মৈ, ঊশিং, সুংসৌৎ নৈলপাক, অতিংঙা ওইবা মরিবু মুন্না খঙঙগা ব্রা চাযগনি, মতুদি করম করম্বা মরিনো হায়বদা মখোয় মঙা অতুদি—

১। ইপা – মরি

২। ইমা – মরি

৩। লাইবক—মরি

৪। পূন্সি – মরি

৫। ঈচৈ —মরি

মখোয় মঙা অসিনি।

## ১—ইপা মরিগী খুদম

ইপা মরিনা খুদাক ময়ায়দা লৈনা তারবদি ইপাসু হনা কায়নগনি, মথুন্তসু চীব চৎকনি শাউরগা পোৎ লংবদা কায়গনি, শোকহন্নি অতুবু কে কনবা চক থৈগনি।

মথাঙ্কী খোক্রবা মরমদি শরেন চনু। শরেন কায়বদা শারং কায়বা ঙা মচা অমদা মকোক্কীগীনা মঠৈ কাওবদা থাইনা তরেৎ পোকা কক্রগা লা লাওনা অমদা চাদলগা লমলো অত্তম ফাংবগী মথায়দা খুবোম অমা নূনা তৌথরগা ফুম্মু. রাহৈ লৈতে কোক্রে খঙঙো

## ২—ইমা মরিগী খুদম

ইমা মরিনা থশ্বোই মরি কায়নসু লৌবা মাই। ইমা মরিম খেক খেক কোম্না কাবা নত্রগা মতং মতং কারবদি থম্নাই শোনগনি।

ইমা মরিনা থুংবাই ডম্বা লাক্লবদি ইমাদগী উপায় য়াম্না কংঙি। থুংকী নাকচেপ্তা ফৈনা চংক্রবদি মমা কোনগন্দে, তোংঙ'ন লৈগনি।

## ৩-লাইবক মযিগী খুদম

লাইবক মরি মরাইদা কারকইবা অদুনা চুম্না অরাংবা থাক থুংতোল লোমদা লাকপা থুংবাই ডংঙা লাক্লবদি পোয়ত্রে মী-কোক থো লে, লৈবাক্কী মনাই অমসুং মীকোক থোংবা ফাওবা লৈ।

## ৪—পুন্সি ময়িগী খুদম

পুন্সি মরি অদুনা খুজেংলোমদা য়াম্না চঙক্রবদি মী অদো পুন্সি শাংনা খঙগে, মরাইদা ডংলবদি নত্রগা খুজেং লোমদা য়াম্না চঙক্রবদি পুন্সি তেলে।

## ৫-ঈহৈ (বিদ্যা) মযিগী খুদম

ঈহৈ (বিদ্যা) না অমসুং থবকনা থরায়নি। মহৈ (বিদ্যা) দগী থবক্কী লাকপা চৈশা লল অদুনা, লৈরগা হিংগনি অদুবু থরায়নি মতুদি—

খুনিংথোগী মখোঙদা কারকপা মরি অদুনা ময়ায়চানা শাংনা ইরক্লবদি মী অদো বি, এ, অমসুং এম, এ, থাবগী থাক ফাওবা লৈ, থাত্রবসু মচাক মরলদা য়াম্না পীগনি। মরি অদুনা তেম্না লৈরক্লবদি বিদ্যা য়াংনি, খুংশা হৈবগী বিদ্যা, নলোন ইতিক লৈ।

## ইচাক ইবনগী থুদম

থূনিংথৌগী মতোনগী তাং অতুদগী থুংনাওবীনা যাম্না যাংবা হেন্নবদি নিপা অদো লনগী মরমদা ওইরবস্থু, সম্পত্তিগী মরমদা ওইরবস্থু অথোইবা থাক লৈএ। থুংনাওবীনা নেমলবদি মচাক মরল যাংলি, মথাই লৈ।

## মরূপ মপাং থুদম

থুবীগা থুদোনবীগা কাক্নোকপা য়াম্না যারবদি মী অদো মরূপ য়াম্মী, সঙ্গ ৈফ, মীয়াম লোইনৈ। যাম্না কাকপা য়াদবা মীগী। মরূপ য়াংলি সঙ্গ য়াংলি।

## পূকচেলগী থুদম

থূবী যাম্না থেকপা য়াবা মীদি মবুক কবনি, মী থুদিংমকা তিম্নবা য়াই, লৌশিংস্থু শিংদি।

থুবী চপ তিংবা, থেকপা যাদবা মীদি মশাগী ওইজবনা নম্না থক্নি, কন্নোন ইথিক, লৌ ইথোল শূবা পক্নগন্নি।

থুব্রী পংবা মীদি শাউগন্নি, মীনা খিজিক্না হায়বদা মানা শাউবনা মহেন্নি, থেন্নগা শীক্তিম্নরবদি অপং থৌনাগুম্না য়াম্না কৈ।

## মচাগী থুদম

থূংকী নাকচেপ থুনাওবীগী মথোঙ্গ মথাদা তারিবা মরি অদো অমা তারবস্থু অহুম তারবস্থু মচানিপা মশীং অতুগী মপান চাগনি। মহাক্না য়াম্না পোক্নবস্থু কৌহামনি, মপা মমা তিম্নরোই নাইত্তোম তাগ্রে, থওজো॥

## নুপী খুদম

খুবাক্কী ওইথংবা মাইকৈদা নোংমা তারিবা উনশা অদুগী মথক্তা মরি অপোৰা লৈবদো নুপী মনীং লোগনি। অকুপ্পা মরি অদুদি লোইরোই।

## লনগী খুদম

খুরক ৱাঙ্গা লল্লবদি পৈশা পাৱগনে, শেঙ্গাও পায়গনে।

## তোথোরকপ্রা থবক ফজবা খুদম

খুদোম্বী মতোন কজনা তুম্নবদি মানা তৌবা ফকৈ, মতোন পংলবদি থবক তৌবদা লুগন্দে, চনিং ৱাথল তপকন্দে, অখুবা থবক যাম্না পাম্মী, মৈপোক লাংতো তৌরবদি মানা ৱাঙ্মা য়োরকই, হো হো অখুবা নংতি, মরম অমদগী যামনা কাইরে।

## লনগী খুদম

খুদোম্বী, খুংয়াই, খুনিংথো, খুনা ওঅী-মরী অমিনা মথোঙদগা নোয়না নোয়না ফোরকদি মী অদো লাকপা পৈশা খুৎতা তংগনি. কৈ। সুংঙাইবা ফংগনি।

## মাবল মশিংথা খুদম

খুদোম্বী খুংশা ময়াইদা তাং শাংনা শাংনা তায়রবদি মীনা লাকচবা রাদে, মরিল থাৱ, থবক অমতং তৌবদা মীদু ঙম্বা তাগি॥

খুবাক ময়াইদা মরি মরিনা মকুপ মকুপ পংলেদা লৈরবগি মা অদো থবক ৱাঙ্মা কায়গনি, লম লাপনা চৎকনি চটি ৪৮ তবগা মহাক্কী অতাবী থবক মথক থঙগনি॥

খুজিন ভাওবা মীদি সুংঙাই, খুজিন পাকপা মীদি মীগী উপায় তৌগনি, মপুক কৈ।

খুজিন মখোঙ পিকনা মতোন পাকপা মীদি লীকই, মীগী অরাবা উদে, মশাগী ওইজবনা নমনা ভান্দী, ইনাক্তি খুনি, মীনদি সুংশিদে।

## য়ুম্ফম লোল

| | | |
|---|---|---|
| চিংথৈ<br>লংজা | নোংপোক<br>ফিরাল | মৈরম<br>মৈথু |
| অরাং<br>শামু | ময়াই<br>নিংথৌ | মথা<br>নোংশা |
| কৌক্রু<br>লোলা | নোংচুপ<br>ওম্ফা | শম্ফোং<br>লমহুই |

ইম্মখোল অমদা য়ুম্ফম ৯ থোকই। অসিগী মনুংদা লংজা ফিরাল, মৈথু মকম ৩ অসি শাবা কত্তে, নিংথৌ (শজাই) যুম্ফমদগী থরা হন্থনা ওম্ফা য়ুম্ফমলোমদা চঙশন্না শজাই য়ুম্ফমসু থরা পোক্লা শাগনি। লমহুই, নোংশা ময়াই ওইনা কৈ। লোলা কত্তে।

ইখোল কারন হায়বা অসি থোঙজিন কাম্লোকপদা থবা অমা, য়ুমগী ইচুম তাকমদগী খুবোম অমা চথোক্লা থবা কৈ। ইচুম তাকমদা থম্বদি অঙাং দারিবগী ওন্থগনি, খাঙেনকমদা থমম্ম মী শিগনি।

ইমুংগী যাত্রা ময়াদা থমম্ম অঙাং লাই ওক্লদুনা নাপনি, ইখোল কারন হায়বদি মনিংদগী মমাং কাওবা থৌরি ভিংলগা ময়াই চপ্ চানা তাবা মকম অদুনি, পুম্রিনা অরাংদা থবা কৈ। মায়কৈ অতৈদি কত্তে।

## মায় য়েংলগা হায়বা (শকয়েং মিংশেল)

ময়া চোৎবা মরিল খায়, য়ুম পানবদা নাইতোম তাগল্লি। ময়মদি মী থুদিংনম্ব কিগল্লি, মশানম্ব মী তম্নাবুদি ঐনা হেন্না থবক পায়গনি হায়বা মরিল লৈ।

খদাং তেনবা তনগল্লি, মচিন মকোই চোম্বা মী ওৎকল্লি। মশম তাংথক নাইনা চৎপা মীদি মী কৈ। সুংঙাইবা লম্বেল শোয়দনা লাকই।

মশম কুপ্পদি খম্নোয় শেজন্দে, মবুক লুই, মশাগী কাম্বা ওইজবা তাল্লি, ময়ুমদদি লল লৈগল্লি, লৈবাকী থবক্কদি য়াংলি।

মশম পোৎবদি মীগী মীপুংশি য়েংবা তমগন্দে, মপুক লোমদে, মীঙোন্দা পীথোক্কল্লি।

নাথাং তেনবা মীদি শাউগল্লি, লাইবক শাংবা, শিগুম লিরুং শাবা মীদি কৈ, মতিক মগুণ লৈ। লাইবক তোঙবা মীদি লায়য়োই, শিগুম তকপা মীদি শাউগল্লি।

থোঙবী ময়াই কাঙবা মীদি পূকচেল অয়েপ্পা লৈতে থোক থোক ওনবা য়া হায়গল্লি, মী ওৎকল্লি।

শামু মীৎয়েং, য়েংবদি মীনা সুংশি, মপুক কৈ। শাউরবদি মী হাৎপা তম্মী।

লোংশা মায়খোং মায় হাইগৎপা, মখোঙ চৎপা লাওনা লাওনা কাম্বুনা চৎপা মীদি য়া তাঙবদা নাপন চাউই। মীরু জম্বা তাল্লি, মীমাম তিল্লগা মীকোক ওইগল্লি।

খুবাক্সা লাইবক্তা থম্লগা মীৎ অনিনা হঙৎনা খুজেংদা য়েংবদা খুজেং অদো তৎলবদি মী অদো মপুন্সি তেঙ্গে, শম্লবদি লৈথিনি।

চৎপদা খুৎ অদো চপ মান্ননা হাইরবদি পুন্সি তেঙ্গে, কারন কারন হাইরবদি লৈথিগনিএ।

## ওক্লোঙ্গ তরেৎ

### নোংমাইজিং

নোংমাইজিং সুমিত্তা পোকপা মীদি আশা চাউই, অত্তাং ওইরিবৈদা নীংবা আশা কয়া থুঙ্গন্দে। মথক্তা মীনা য়া ঙাওবা কয়া য়াগন্দে ঐনা তৌবনা খরা কৈ হায়বসু চৎলি। বন চৎকল্লি, লম চৎকল্লি, অহানবগী সুপী লৌকবা লোগে তৌবা কায়গল্লি, অকোনবগী অনিশুবা সুপীদা চায়গল্লি। মহাক্কী শিনকথদি য়া ঙাওঙগা শিজিন্নবা, থবক লৈল্লোল ইতিক কারবার দুকান চানৈ। চহি ৪৮ দগী ঊনাক খুনগল্লি।

### নিংথৌকাবা

নিংথৌকাবা সুমিত্তা পোকপা মীদি মপূক লোমদে, শাউরবসু থুনা হৈত্বে মথুৎ মথোংদা ছিদ্র (অথম) পীগল্লি। চা লৈরবদি শকনৈ, নত্তরবদি দাগ লৈগল্লি। মহৈ বিদ্যা হৈগল্লি, মীনা সুংশি।

### লৈপাকপোকপা

লৈপাকপোকপা সুমিত্তা পোকপা মীদি মরিল থায়, শঙ মকপ মপাং চাউই, য়াম্মী, মরুপকী মতেংদগী মীকোক থোংগল্লি। সুপী মহৈ মশীং হৈবী কংগল্লী, অত্তাং ওইরিবৈদা চহি ৮ দগী ১১

কাওবগী মপুংদা শিবা য়াবা লাংকম পীগদি চক থৈরবদি কোকই। ওানা ওাশিল পীবা কোকই থংতো।

## য়ুমশকৈশ

য়ুমশকৈশ সুমিত্তা পোকপা মীদি মপুক কৈ, মীনা চংঙোইগন্দে, মী থুদিমক তিন্নবা য়াই, লৈদি ময়াই ওইনা লৈগনি, অহেনবা অকাওবা লৈতে। মচা হাকতক্তা সুংওাইবা ফংগনী॥

## শগোলশেল

শগোলশেল সুমিত্তা পোকপা মীদি মশক ফজগনি, লন লৈগনি, মীনা চানি, মীকোক থোংওী, অচাং ওইরিবৈদা লাংকম কুংওী॥

## ইরাই

ইরাই সুমিত্তা পোকপা মীদি মপুক লুই, মীদি কায়দে, লাইবু থাজৈ, লাই নীংগনি, লনস্থু ঈংনা লৈগনী।

## থাংজ

থাংজ সুমিত্তা পোকপ মীদি লাইরিক-লাইপু হৈগনী, লৈপাকী সেবা তৌগনী, মমা মপা ওয়া কায়নগী।

## থা ১২

শজিবু—লোমা থবক তৌবা য়াদে, মীনা থওগনী, লৌ ইংখোল কোইবা পক্লে॥

কালেন—মপুক লেপকন্দে থোইরাং থোরশাউগনী।

ইঙা—মীরাম তিন্দগা মতিক মগুণ লৈগনী, লৈম নিংথৌনা শক থওই।

ইঙেন—লম চৎকনী, অরাপ্পদা থবক তৌগনী।

থোবান—থবক শূব', চৎপা থর তলগল্পী, ইলপুং কথা পাপ্মী, মপাঝলদি কল্পী পংতক তুতক তাগল্পী।

লাংবল—পাগল কল্পী, মীবু মানা উশিৎকজে মীনা কিনৈ।

মেরা—মমীং চৎকল্পী, থবক তোবদা লাইবু থাজৈ, লাই নীংগল্পী।

হিয়াঙ্গৈ—লমজেল মাওগল্পী, থবক তোবদা মানা মীংলিবা অদো বেক থু ত্রিবমবৈ মীন্না থাখা মাগন্দে।

পোইন্থু—লন নৈ, মীওোন্দা পীজ-পীথক পামদে, থরচ চাউগল্পী।

বাকচিং—থবক তোবদা মীগী মবৈদা তাগল্পী, নীংবা আশা থুংগন্দে, মরুপ মপাংদি মামগলি।

ফাইরেন—মীনা খুংশি, মীনা মাবু কৌমগা থবক পীগল্পী, মকপকী উপায় নৈ।

লমদা—মমীং চৎলি, মহৈ হৈ, লনগী মপূ ওই, হমাও কুমৈ পাপ্মী, মী খোম্বা হৈ।

## রাশি ১২

### মীক্লাইথোক, পুক্লিশী মকল।

মেষ—মপূক মাংতি, শাগৈ ওাইরিগা পূকজেল তিমগন্দে, থম্মোম থর খোয়গলি, ললদি নৈএ।

বৃষ—বা মায়া ওাওগলি মজৌ মওং মগুণ নৈ, মীৎ লাওগলি মগুণ নৈ, লমদি নৈ।

মিথুন—মশা মোৎকলি, ঈনৈ নোংমাই পাপ্মী, খোওথাং নোমনা নোমনা চৎলি, শামূ শাজৎ চৎকল্পী, লাইবিক লাইও হৈগল্পী।

সিংহ—ইনাক খুল্লি, লাই নীংগল্লী, লাগৈগী অথোইবা ওই, কলেজা নাপল চাউই, লোক্তা সুংশিংকা চেনগল্লি, সুপীবু লুনা তৌই।

কর্কট—মরুপ মপাং য়াংলি, লম চৎপা পাম্মী, শা ঙা পাম্মী, অঙাং, সুপী লুনা তৌই।

কন্যা—পুকচেল নোই, মীগী মীসুংশি খঙগল্লি, মশক ফজৈ, লাইবু খাজৈ, রৈ শিংঙি, পুকচেল পীকই।

তুলা—মশা নাওশোইগ্নে মীভোল্লা দান তৌবা, পীথোকপা পাম্মী মীগী পুকচেল খঙগল্লি।

বৃশ্চিক—মকপ মপাং য়াম্মী লনলোন ইন্ডিক পাম্মী, পুকচেল কল্লি, সুপী অকবা ফংঙি, পুকচেল কোচি লৈ।

ধনু মমীং চৎলি, মীকোক থোংগল্লি, লাই নীংগল্লি।

মকর—মীগী মপোৎ পামগল্লি, মতিক মগুণ চাউই, চিরোল য়া তাগ্নবা লৈ, মপুক লুই।

কুম্ভ -মচাক মরল চাউই, লেঙদবা লল পাম্মী, মীগী কায়বা তৌই, কয়াও কুম্মৈ পাম্মী।;

মিন—মশক মতৌ ফজৈ, মরৈ মশীং রৈ, সুংঙাইবা ফংগল্লি' সুপীনা পামগল্লি।



# য়ুহারাবা

## লৈমাক্কী অম্বা ফুংঙাই খুন্দম।

য়ুহাববা, মালেম লৈবাক লৈমা ইমানা য়ু ঙাওহনা হাইবগুম, হাইবা—য়ুহারাবা। মচা-মশু তাইবংগী মাওইবদা খুদম পীরকপা মীহুল থাহুলগুম।

নোংমাইজিং—অনা অয়েক পী, মহৈ মরোং মাঙঙী, শা ঙাদগী অকিবা ফংঙী অচৌবা মরি শোকই, শা লান থোকই, মী ওইবগী চিংনবা য়াম্না পী, অশোল অমা অরাবা য়াম্না পী, মীরাইথোক চরাই ভায়।

নিংথৌকাবা—লৈপাক লৈহাও কায়, মরু-মরাং পুন্নক কৈ, ফত্তবা মী মরি শোকই।

লৈপাকপোকপা - চীংদা লৈবা মীগী মরি শোকই, অনা-অয়েক পী, মহৈ মরোং মাঙঙী, মৈদগী অকিবা পী, কমনাইবা মরীম্ন শোকই, শা লান থোকপা য়াবা লৈ, মীওইবগী চিংনবা য়াবা য়াম্না পী।

য়ুমশকৈশ—লাইরম মরী থরা শোকই, অহৈ অশিং য়েংথোক য়েংশীল লাকপী। চাক হোঙঙী, লৈবাক অমগা অমগা মুংশিনগনী।

শগোলশেল—অনিশুবা নিংথৌগী অরাবনি, মীরৈবাক্কী অকিবা রা ভায়, অমুকন্থ ইরৈবাক্তা মী অকবা চঙগনী।

ইরাই—চাক থোঙবী, অশী অনা বাম্বী। মীপাও কত্তুবা তায়, শাগৈ ভাইরি য়েংবীনৈ।

থাংজ—অহানবদা প্রজা অমম্তুং লৈবাকী মীপা অচৌবা কম্বাই-বগা মুক্রবা লৈ মখৈদা মুংশিনৈ কোন্না লৈবাক মন্না তপ্পী।

## থা ১২ গী মুহারবা খুদম।

শজিবু—লোং কাংঙি, অশি অনা কল্লি।

কালেন—পীবুকম্তুংদা লৈবা অঙাং মরী শোকই, লৈবাকী মীনা কমনাইবদা ওইন-তান তৌগল্লী।

ইঙা—কমনাইবা মরী শোকই।

ইঙেন—লৈবাক বায়, শা লান থোকই।

থৌবান—লাইনীংবা মী মরী শোকই। মহৈ মশিং হৈবপু শোকই।

লাংবন—শেল থুম ভাঙি, লৈবাক বায়।

মেরা—কমনাইবা ঈকাইবা নংঙি, লৈবাক শাউগল্লী।

হিয়াঙ্গৈ—কমনাইবা কমথোল কাগল্লী।

পোইন্তু—লৈবাক অরাবা থোকই।

মুহারাবদা ইপা ইপুশিংনা তুল্লশীপুংবু পায়না চাক ভা হায়ব লিয়োন শীবদি চাককা ভাপা থোঙবীযু হায়বনি।

হকলোং মুংদা হায়রগা মপু মানা তুংনকম থোইদৌবু ওই থিএ তুল্লশীপুংবু পায়দুনা চাক ভা হায়খিবদি থোইদৌবু পায়রগ লাইনীং লম্বেল বাখল চঙবগুমনে।

তুলসী পুং বু পুং ৫ হায়বনি, তুলসী পুংগী মকমবু নিপী নিপা ওইবা ওইবীশিংনা অয়ুক অঙনবদা য়াহৌরকপদা মঙাংগী মতমদা ঈশিং অশেংবনা য়াই তৈত্তুনা পুক্লিং শেংনা খুকময়গনি, য়াচঙবা মতমদা খুমলগী মতমদগী মৈয়া কৎকনি। তেংথারোনদি অস্নন্না হায়গনি।

অচৌ পুং, চাওত পুং, পোকন পুং, শিত পুং, পুন্সি পুং। পুং মঙা অসিদা লেঙননা লৈবিয়ু হা হুম হায়দুনা খুক্রময়গনি। য়ুম্বাললোন, কঙবা ঈচেল অকবা তাইবং মপূ মহাক্কী তুংনকম লৈকমবু পুং মঙা লৈএ মদুদি :—

১। অচৌ পুং। ২। চাওত পুং। ৩। পোকন পুং
৪। শিত পুং। ৫। পুন্সি পুং।

পুং ৫ অসিনা তাকপা খুদমদি :—১। অচৌপুং—চাউগে ওম্মী, ২। চাউতপুং—চাউরোই ওম্মী। ৩। পোকনপুং—পোকে ওম্মী। ৪। শিতপুং—শিরোই ওম্মী। ৫। পুন্সিপুং—পুন্সিগে ওম্মী।

লাইকম গুনা লৈববু গুমাঙনে গুমাঙগী ময়ায়দা তুলশীপুং হায়বদি তুলশীপুং নত্তে, পুন্সিপুংনে।

## লাংঙম মশক খঙবা।

মীওইবনা অয়াবা লাক্লবদা চহি মতাংগী মতুং ইন্না অয়াবা লাংদা থুদুনা নম্মুনা লৈবা অদুবু লাংওল (লাংকম) কৌই। লাং অদু থুক্রিতৈদা মাঙজোননা ঐগী চহি চহি অদুগী অক-কত্ত লাইবক মখি য়েংগনি, কৎলকুবা চহি মতাং অদু য়োৱবদি তীনথোং

লাইখোং খিঙ্গনা চক্ থৈগনি, নুমিৎ থা খোঙচৎ য়েংলগা থবক চখগনি, লাংকমদি থৈনবা য়াই।

খোইরেলদি থবা থৈনবা য়ায়; খোইরেন হাৱবদি পলেমগী পীবুকমু-দগী খোক্লকপদা অভাংগী পুক ময়ায়দা অকুৎপা অমা লৈ, অকুৎপা অদুগী ময়ায়দা অতোপ্পবা মতুম অমা লৈ, মতুম অদুগী মতোন্দগী চোংখোক্তুনা ময়োল অশাংবা অমা লেক-খত্নুনা লৈ। মথক্কী খুদমদি পুন্সি ঈরাইকম অশাং অতেলগী খুদমনি, হোক্লিকী ময়োল অদুনা পোকপদগী থুনা কেপবদি পুন্সি তেপে খংনৈ, মথাক্কা ভরেৎ নিপাননি নত্রগা হেল্লবগু কৈ, পুন্সি শাংগে খঙনৈ।

খোইনা পুন্সি চৈকক খুদম পীবগু খোইরেল কৌই। য়াই-বীরেল শিদবা মপু মথাক্কা পীবা খুদমনি।

তৎনবা

শজিবু, থবান, পোইন্থু— নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা।
কালেন, লাংবন, ৱাকচিং— ইরাই, য়ুমশকৈশ।
ইঙা, মেরা, ফাইরেল— লৈপাকপোকপা।
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা - শগোলশেন, থাঙ।

থাশা মায়কৈ

শাজিবু, থাবান পোইন্থু— চিংথৈ।
কালেন, লাংবন ৱাকচিং— অৱাং।
ইঙা, মেরা, ফাইরেল— নোংচুপ।
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা— কোক্র।

১। তৎনবা পুমিত্তা অকবা থবক তৌরোই।

২। থাশী মাইটৈগেদা শন, ইরোই পুবা, য়ুম-কৈ হোংবা, চৎপা ঙংজে।

## মাইচৌ পাঞ্জিগী মতিক মগুণ

### ( খুন্নুংগী ফুঙ্গা ৱারী )

থাইনা লৈবাক অমদা খুঙং কয়ামকুম লৈরমই। খুঙং অমদা লায়রবা অনী য়াওই, লায়রবা অনি অসি য়ুম লোইম্নে, থা ৱাং লৈমিন্নে, মখোয় য়ুম অনি অসি চথা নামা চাবা ফাওবা থবা ৱায়, মথা থংবদা লেরিবা নিপা অসিমদি মহাক্না ইঙ্খোল কোইদুনা এঙ্গাং নাপীনচিংবা থাত্তনা মহৈ মরোং চাবক্নে। ইনাকমক খুঙ্গত্রাণস্থ মতু মচা পুম্নমক চয়া লোংখম্লে। অৱাং থংবগী নিপা অসিদি সুমিৎচুপ্পগী মীতাউ অমগা ৱাখল হৌরিবনি, অমা চাউরিবনি থায়দুনা হেন্নথানা থরা ফম, ফম্নেন্দা থরা ফম, অদুম তৌদুনতা লৈ। নোংমদি মহাক্কী সুপী অসিনা অশাউবগা লোয়ননা থায়রকই হে নিপা নহাক অসিবু করম্বা মীনো, মথা থংবগী তাদা অসিদি মরম ওকপনা মতু মচা পুম্নমক চক্না লোংখম্নখে, নহাক্কি কদায় ফমদুনতা লৈরগা কদায়দগী চাগদৌরগে নচা-নশু ময়াম অসিনা লোংতানবদগী সুমিৎ তাবা ফাওবদা ক্রুং ক্রুং চোংদুনা চাগদবগী নিংতাই তৌদুনা লৈরিবা অসি নহাক্কি করি অমত্তা থহদে। করি মতৌ কৌবগে, নিপা নহাক লৈতৌরো ঐদি চৎলগে ৱা অসি তাবদা নিপা অসি কোকচাওবী ফুং কাথি, ঈশাম্নবগা লোয়ননা মিন্থল পুম্নমক হৌখি। নিপা অসিনা

হায়রকই, ঙাইখো সুপী, চহি কুথজা মথীং অস্তুক থাম্লবু য়াদিয়রক্লবদা করিগী চংকদৌরিবা ? ঐ বা তায়গে ঐগী ইপোক মরিনী লাইরিক অসি পুরগা চৎলুচো, মমাং থংবদা নৈরিবা মাইচৌ পাঞ্জি অসিদা ঐহাক অসি করম্বা কান্দা সুংঙাইবা ইনাক থুনবা কংগদগে অমুক্তা য়েংঙ্ গুচো, নিপা অসিগী বা তাবদা সুপী অসি শাউক্রবদগী নোকনিংবা অমা পোকই। রা'খনদি নিপা অসিবু ঙাওরব্রা নত্রগা মিহুন হেনব্র, রাৎপ্রা থবকাস্ত শূদবা মহাক্লা করম্বা কান্দা সুংঙাইগদগে মাইচৌ পাঞ্জি য়েংঙ্ গুচো হায়রিবা অসিবু ॥

সুপী অসিনা ফরে অসিমক্তবু য়েঙগে হায়রনা নিপা অতুগী মপোক মরিগী লাইরিক অতুবু পুরগা মাইচৌ পাঞ্জিগী মমুম তমনা চৎখি। মাইচৌ পাঞ্জিনা হায়রকই, ইবেম্মা, নঙদি করি থবক্তীনো — হা খুডা মাইচৌও করম্বা মতমদা সুংঙাইগদগে হায়রদুনা ঐগী নিপা অসিগী মপোক মরিগী লাইরিক অসি অমুক্তা য়েংবীয়ু।

মাইচৌ পাঞ্জিনা মপোক মরিগী লাইরিক অদু য়েংলগা হায়রকই হে সুপী! নঙগী নিপা অসিদি ওসিদগী হৌদুনা ১২ নিগী সুমিৎ য়ুংবদগী সুংঙাইরগনি অসুম্বা হায়রকই ॥

মাইচৌগী বা তাবদা সুপী অদো মহাক্কী থম্মোইদা নোক-নিংবনা থাজবা ওথখিদে। সুপী অদুনা হায়রকই, ফরে খুড। অদুদি, ঐ চৎচরগে, নৈশা লিকোল থরদং কৎচমগে হায়দুনা কংলমলগা সুপী অদো মমুম তান্না প্রপ প্রপ লাকই, সুপী

অহুমা থঙ্গী, লম্বেলদা ঐগী নিপাদ ঙাওবা নত্তনা মাইচৌ পাঞ্জি অসিন্না ঙাওযিন্নরবোইএ হায়দুনা নোকনিংথি ॥ মানা মথুম য়োববদা নিপা অসিনা হংঙকই, হে মুপী নত্তনা মাইচৌ পাঞ্জি চংলুবদি করি হায়রকই, মুপী অসিনা খুমজরকই মুপা নহাক মুমিৎ ১২ নি ঙবগী মুমিৎ য়ুংবদগী হংঙাইগনি হায়রকই, বা অসি তাবদা লায়রবা নিপা অসিনা হরাওবগা লোয়ননা মথাক্কী মশা অসে মিছুন থাজুন পূম্নমক হোরকই, শূনীংবা নোমনীংবা আশা লাকই, নিপা অসিনা হায়রকই, মুপী নহাক অসে য়াম্নদি রাবে, রারবন্না রানা কৈরোই লৈকায়দগী চেং মেকক ১২ দদি পূকচৌ, মতম থরগী মপুংদা শিংগে, ঐহাক লংথৈ চৎকে বা অসি তাবদা মুপী অসিনা ঐগী নিপা ; অসি মশাগী আশা অমা লাক্লবাদ্রে, মানা হায়দিবা চেং অদি ঐ পীগে নীঙ্গনা কৈরোই লৈকায়দগী চেং মেকক ১২ দং পুক্লরগা মথাক্কী নিপাদা পীরে নিপা অসিনা নম্বো অমগা ইমুংগী লাইনিংথৌ থুকম্মুরগা অরাং পাংনা চৎখ্রে।

মুমিৎ মঙানি শুবদা মীরৈবাক, অত্রদা মুমিৎ ১১ নি শুবা কাওবা থবক ক দে, ১২ নি গী অযুক পূ ৮ তাবা মতমদা লৈবাক অত্রগী নিংথৌগী থোঙান্দা লায়রবা নিপা অসিনা থবক চৎপদা কক্কবা য়ুম অমা লৈরম্মী, য়ুম অত্রগী মপুংদা নিংথৌনা কোয়েৎ শপ্লাই চাউনা য়েৎলগা ময়াদা ফম্মী। অশিংবা নিংথৌনা ওইনা ফম্মী। অক্রোয়বদা মনাই মশল মীয়ামনা তাকই, লায়রবা নিপা অসিনা থোঙজিন্দা কয়িনো হায়দুনা লেপতুনা য়েংউবদা নিংথৌ অত্রগী কোয়েৎ শপ্লাই মত্তোন্দা মহু পানবা লিল অমনা চিক্কদবগী মত্তোঙমনা নিংথৌগী লাইবক তথনা মহু তম্মী। লায়রবা

নিপা অসিনা নিংথৌ অসে লিল অসিনা চিকতুনা শিবা তারে, নিংথৌ শিরবসি লৈবাক মীয়াম যাবা তারে, ঐ মতম্বু নিংথৌ কনগে থন্দুনা মীয়ামগী মথাংদা লায়রবা প্রেপ প্রেপ লানশিন্দুনা নিংথৌগী মচাইবক তদো লাইরবনা পায়রগা লোংনা ইনখি, অকিংবা থগৎপগা লোয়ননা নিংথৌ অদো লোংনা তাখি অচ্চগা পঙথখি ॥ মনাই ময়াম চৌগৎলগা লায়রববু ফুখি মটেমদা নিংথৌ অদো রাখল লাকই, নিংথৌনা উরকলবদা তাইথো, মীয়াম পুন্নমকনা মী অমা তাংপা মচাকী পাউথুম মথাল কখিনো হংগলি, হংদনা হাংপা তাবদি লাইরমলেন্দগী লৈবাক অ রাবা লাকনি হায়না নিংথৌনা হায়খি। নিংথৌগী যা তাবদা লৈবাক মীয়ামনা লাইরবগী পাউথুম কৌখি, হে নিপা নবাক্রা ঐথোয়গী নিংথৌ অসিবু নহনা হাংকদৌবগী মওংতুম লোংনা ইন্দুনা পঙথহনবদি হিরম করিগনো ॥

লায়রবনা থুমলকই নিংথৌগী কোয়েৎ শয়াই মতোন্দগী মহু পানবা লিন অমনা নিংথৌবু চিকদৌরে, মরম অদুনা নিংথৌ অসে শিবা তারে হায়দুনা ঐনা খুৎলাইদি যাওদবনিনা থৌরম থদাদুনা নিংথৌগী লাইরবপু পায়রগা ইনগ্রে, লৈবাক নিংথৌ মীয়ামনা ঐবু কনবিয়্য। নিংথৌনা হায়রকই, মীয়াম পুন্নমক ঐগী কোয়েৎ অসি লৌথৎতুনা য়েংউ, মীয়ামনা কোয়েৎ অদু লৌথৎতুনা য়েংবদা মহু পানবা লিন অমনা কৈজাগুমনা পোপতেক লৈদুনা লৈরম্বী. নিংথৌ অসিনা উরে, করি থক্লি— নিংথৌ ঐহাক অসিদি মহু পানবা লিন অসিনা চিকতুনা শিরুরবনি নিপা অসিদা লৈবাক তংথাই অমা পী য়ু মতু মচা পুন্নমক কৌশিন্দুনা থমজু হায়দুনা পীথোকখ্রে।

লায়রবা ভচুম্ম মাইচৌনা হায়বা নুমিৎ ১২ গী নুমিৎ হুবদা লৈবাক ফংখি, মতু মচা পুম্নমক কৌশিন্দুনা সুংভাইনা পানখি। মাইচৌ পাজিগী রাম্ম চুম্মি, লাইয়বম সুংভাইখি।

## পুয়াগী পাউরৌ

১। নিংথেম সুবী কৈনা চাদে, চারবদি লাইনি, নোংমৈ মরক্তা চঙকরোই।

২। শাউরবদি পুম্নমক লাম্বানি, থেংনকরবদি মরাইবক ফবা মীনা বেল্লী, লাইবকপু কিগনি, মশাবু কিরোই।

৩। চুম্মা কনবা পাঙনগা রাখল লৌশিংনা কনবা পাঙমগা লৌশিংনা বেল্লী, পাঙলনা থাংগৎপা পোৎকি ২৭ অনি থাংগৎলি। লৌশিংনা থাংগৎপদি মরৈবাক অমা থাংগৎপা ওম্মী।

৪। মহাক্কা চৎলুবদা সনা সের অমা হোঙনা লৈরকই। ঐনা চৎলুবদা ডুকান খোঙ থিংগ্রে, সনাম্ম লোইগ্রে।

কঙবু হাইদোকলগা ঈশিং শোকনি, মরিগী লাইবক থেংলগা থবক ভৌগনি।

মীওইবনা হায়বা অসিদি মৈ, ঈশিং, সুংশিৎ, লৈবাক, অতিংঙা, চয়োন ৭, থা ১২, নুমিৎ থা অসিনা নাওয়োমগুম থোমঙনা পানবনি, থরায় অমম্ম্‌ং পাঙল ওইনা থিংবনি হায়চনা ইপা ইপুশিংনা তাকপীরম্মী।

নুমিৎ থাগী খোঙচৎ থেংলগা অক কণ্ডা থিরগা মী ওইনা শীজিন্নগনি, অদুগুনা মীওইবনী পুন্সি পাঙল ওইএ।

কাউমদুশীকো, খোইয়ুম লাইগী মচাশিং পুম্নমক।

## চক্কী_পাউরো

অঙাংশিংনা শাৱবদা থুং অংগী মনমদা থুং অমনা খুজিন্না শীক্কুনা মরোন মরোন লোইরদুনা হাইর-হাইরদুনা পাউরোগী লিরোল শকপদি অঙ্গম হায়না শকখি।

উচি চি চি খকং মপাল খোশাবা শেন্দ্রাং লাকই ফ্রং। উৱবদি পাম্মী, চিদুনা লেৈখি, উচি বা-না খাঙভি, লুনা থনখি, থল্লুবদা খকং থঙ'ঙ ৈহ্রে হায়দুনা কোৱনা কোয়না চেনখিববু খোশা লিরোল পীখি।

পুকচেল শেংনা লাকপা শেন্দ্রাংবু উবদা উচি ময়াম অহ্ন ফ্রংবাই তানা ওন্থখি॥

অসিনা তাকপা থুদমদি তারীবা বাবু লুপখিবা, খিবা লামবা কংঙমদবা কংলকলেদো।

মতম খোংবাই অসিনা কোয়না পুথা খিগনি।

লুপাক মথুখ নাইরমদে, তবং থুংশা মরোল খোকলমদে, ইতাথোৱ খোইনৌ থোয় কৈথেন্দনী মকুনা কু কু কু কু কু খোংলক্লে সনা য়োংনা চগুপ চগাই শোরা কোবা — অসিনা হায়বা পাউতাক্তি মথুখ পান্দবা পোংতি থুশি তৌনকই, ইমানা লং লংঙম্বা তমংবু লংখিদ্রে তবং থুংশা মরোল খোকখিদ্রে, অচুম্বদা লাঙববু কৈথেলগী মকু হায়খি য়োংপু সনানি খলনুবা চগুপ চগুপ শায়রগা অকোয় অকোয়বা মতাইদা লংথোক্কুনা মাঙগনিএ রাখল মরি কাঙলকলে অচুম্বা লমথেল চংলমি।

চক্কী মতুং ইন্না, মালং সুংশিংকী কোয়রোই মতুং ইন্না মালং সুংশিংপু হুমলকলে।

---




মীওইবনা থবক তৌবদা মাইকৈ ঙাক্কদবা

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| চহি | ১ | ৯ | ১৭ | ২৫ | ৩৩ | ৪১ | ৪৯ | ৫৭ | ৬৫ | কৌক্রু |
| | ২ | ১০ | ১৮ | ২৬ | ৩৪ | ৪২ | ৫০ | ৫৮ | ৬৬ | নোংপোক |
| | ৩ | ১১ | ১৯ | ২৭ | ৩৫ | ৪৩ | ৫১ | ৫৯ | ৬৭ | মৈরম |
| | ৪ | ১২ | ২০ | ২৮ | ৩৬ | ৪৪ | ৫২ | ৬০ | ৬৮ | শনখোং |
| | ৫ | ১৩ | ২১ | ২৯ | ৩৭ | ৪৫ | ৫৩ | ৬১ | ৬৯ | চিংখৈ |
| | ৬ | ১৪ | ২২ | ৩০ | ৩৮ | ৪৬ | ৫৪ | ৬২ | ৭০ | নোংচুপ |
| | ৭ | ১৫ | ২৩ | ৩১ | ৩৯ | ৪৭ | ৫৫ | ৬৩ | ৭১ | অরাং |
| | ৮ | ১৬ | ২৪ | ৩২ | ৪০ | ৪৮ | ৫৬ | ৬৪ | ৭২ | মথা |

## লৈশেম্না মতেক থবা—

য়াইবীরেল শিদবনা নোংদোল ৭, লৈশারোল থা ১২, চরোল ৭, সুমিৎ থা পুথোক্লক্লবদা মীওইববু থম্নবগীদমক্তা খোমজন খোমজন্দুনা থুন শেম্লে হায়দুনা মালেম লৈশারোল ৭কী মথুংদগী কাওগৎলক্লুনা য়েংবা মফম অচৌবু অথুবা মথুন্দগী কাওগৎলকই হায়দুনা অহানবা থুন্দা, থুরাই খোনখিএ। মপু মহাক্না চন্দকমুক্তি কদোম্দা তাশিগে হায়দুনা, বাংনা চোংলগা, তাখিবা মফম অদুগী ২শুবা থুন্দা বাংবৈ খোনখিএ। অমুক্তা হন্না চোংবদা মথায়দা তাই হায়দুনা অহুমশুবা থুন্দা য়াইস্কুল কৌএ। মপু মহাক্না থুন মশীং কয়ামকম তাবা লোইরক্লবদা থাগ পুম্নমকপু য়োরককম, মীতিনকম জগাবু কংলাগী মনীং থংবা থাই পুম্নমক তিনকমবু থাইরবন্দ খোনখিএ। অসিনা তাকপা খুদমদি, কংলানা খোয়দোন্নি, থু ইরম্বন্দনা খোয়থানি, কংলানা, মপু মহাকী মুম্ফম্নি, থাইরম্বন্দনা ইমা লৈমরেনগী যুম্ফম্নি। মফম অনি অসে কায়ক রোইকো, খেইযুম লাইগী মচাশিং পুম্নমক, কাউগন্নুকো লাইনিং-থোগা ইমা লৈমরেনগা শাইওন লাংওন্দুনা থুনশা তাকপা, তাকপী উমংলাই ৩৬০ সু থমথরে, কুমক্তা থুদিংগী হয়াও তয়াম-তুনা মীওইবনা থুক্লমজবদি পুন্সি থরাই শাংনা পীখিম্নু, য়াইকনা পাংজগে হায়বনে।

সুপী ২ পোকল্লি। মচাপিপা অতোনবগা কোয়গল্লি। লাংকমদি চহি ৫০। ৬৪ লাংকমনি, চক খৈবা কপনি, ময়াই ওইনা লল লৈগল্লি। পুন্সি খোয়রেন্দি ৮০। ৮৫ নি।

লৈপাকপোকপা— সুমিত্তা পোকপা নিপাদি মাগী থরাইদি নোংচুপলোয়দগী লাকই। কুচুদি ময়াই ওই, মনম্ পোল্লপ তাগল্লি, লাইরিক-লাইতু হৈগল্লি। চহি ১১ দগী ১৮ কাওবা অসি লাংকম কল্লি। মরীন থায়, লৌশিং-শিংই। মীনম্বা কয়া য়াগন্দে। শা লান্দা খোই। অহানবা শিনকম চানগন্দে অকোনবা শিনকমদা চা-নগল্লি। মপা ওয়া কায়নগল্লি। সুপীদি অরাং কৌক্রু পক্লেএ। মচাদি নিপা ২ সুপী ৩ পোকল্লি। মচানিপা অমগী উপাই ক... ল্র। ইরাই, নোংমাইজিং পোকপা মীগা তিন্নবা মকপ ওইবা পক্লে। অহানবা মচা পুনশিগন্দে, সুপীনা শান্না পোক্লবদি পুন্সি শাংই মচা অদু শিরোইএ। মপা, মমাগী ময়ম্না সুংত্তাইগন্দে। মখুৎকী মরললা সুংত্তাই। লৈমা নিংথৌনা মশক মমিং খঙই, সঙ্গ কৈ। মযুমদা মীয়াম তিনগল্লি। চোকশিল্লগা মাগী মী রাৎলি। মথল্লতগী রাথম্না হিংবা ওমই মাসিবু লাইনা কনবা কৌএ। মশাদা চা থুংগল্লি, মীকোক থোংগল্লি। চহি ২২। ২৩। ২৪ দা মতু মচা কংগল্লি। থবক তৌদবা লাইবক কবা ওইগল্লি। চচি ২৮। ৩৬। ৪০ লাংকম লৈ, মতাং অসিদা অরাক অথঙ

পীগনি। ইমুংগী লাইনিংথৌদা অথুম অমাউ কংলগা ডানা ভাশিল পীরগা কোর্কনি। মতু অমুক চহি ৫৪।৭৬ ৭৯ সু কত্তে লাইনিংথৌ খুরুম্না কোকই, থঙও। থোয়রেন্দি চহি ৮৮ য়াংলি, অকেনবদি ৯০ নি।

য়ুমশকৈশ— ভুমিত্তা পোকপা নিপাদি শূবা নোম্বা তল্লি। শনগুম্বা মীনি, চাবা তূম্বা পামগনি। মমা মপাগী উপাই রাংকল্লি। যুপী অহানবা কারনগল্লি, অনিশুবদা চানগল্লি; চহি ১৮।২০ অসি অয়োবা লাংকম পীগল্লি। চক থৈবা কৈ। নয়ুম লাই খুরমউ। যুপীদি নো পোক মৈরম পক্লে থাংজা, নিংথৌকাবা পোকপা যুপী পক্লে। যুপীগী উপাই কংগল্লি। মচানিপা ২ যুপা ৪ পোকল্লি। মচানিপা য়াইমাগা মচাযুপী অহনগা অনিগী উপাই কংগল্লি। ময়ুমদা চৌ য়াই হায়রবদি উপু-কোল-উরা-হুমদাংদা অহিং অথেংবদা কাপ্পগুম্বা লৈগল্লি। মীচোন্দা পাখোকপা কত্তে। ইপা ইপুগী খুদম্নি। চহিগী অমুক থৌনিজো। মৈ য়া কংলবদি অপানবা শাগৈ চঙগনি। থৌনিত্রবাদ ইমুং মমুংদা লৈবা অঙাং-মুবী মপুক মরীন নাগল্লি। মতম চাদনা তুম্বিং-হিপনী গল্লি। চহি ৩।৫।৮ অসি লাংকল্লি। লাই থাজগল্লি, লাইনিঙ লম্মেল খিগল্লি। শিনকমদি লৌ ইজোল কোইবা য়াই। মপ ইরোইনচিংবা লোইবা পক্লে। সন্ধদি লাইনিঙবগা ভিয়গল্লি। লল অথোইবা পীদে, রাত্তনবত্তা পী। মচা

হাকক্তদি খরা কৈ, চহি ৭৬। ৮০ লাংফহ্নি। খোয়রেন্দি ৮৬ নি।

শগোলশেল মুমিত্তা পোকপা নিপাদি :— মহাক্না লৈরু-লৈরুবা য়ুমদা ৺নাবা অমমম লৈগল্লি, শিবমক্তি শিদে, ছুরৈ-ইরৈ চনগল্লি। অদুমদি ওইরগা মমৈদা অকবা শকক ওই। পূ৹চেল খোয়জেল তল্লী, মপুক মপাও কৈ, ললগী মপু ওইগল্লি। লৈবাকী সেবা ফংগল্লি। মপোকী ওইনা কোক্না ঈ কাবা, লুত্তোন হাইবগুম্বা মওংগী মরাইথুংগুম্বা পী। অদুং ওইরিবৈদা ঈশিংদা মিপাইবা নংই। লাংকম কুংই, চাউরক্লগা অকবা শকক ওই। চহি ৯ দা মীগা লাইগা মুন্নৈ। চহি ১০ দা থাংনা তেম্না শোকল্লি। চহি ২৩। ২৪। ২৫ দা মুপী থিবা কৈ। মাগী পক্লবা মায়কৈদি অরাং কৌক্র, মনিঙ মাইকৈ অসি পক্লৈ। নোংমাইজিং লৈ-বাকপোকপা পোকপা মুপী পক্লৈ। মচুদি চৌঙাংনবী, ময়াই ওইবী কুচু লোগল্লি। মচাদি নিপা ২ মুপা ৩ ফংগল্লি। মচা অমগী উপাই কংগাল্লি। চহি ৩৭। ৪০ লাংফহ্নি। ৬২স্থ লাংফহ্নি। মেরাগী ৫ নি প্যানবা নোংমাইজিং তাবা মুমিৎ নক্লগা মপোক মুমিৎ শগোলশেন্দা মাগী পোকবিবা পুংফমদা শিগল্লি। খোয়রেন্দি চহি ৮৪ নি।

ইবাই—মুমিত্তা পোকপা মিপাদি :— মচিং মশোল লাইগল্লি, থবক ইনথাংগী মরমদদি শুনিংলগা পাংশু শুই, শুনিংদ্রগা

তোকখোকই। চাবা থকপা ওইন চাউগল্লি তূমগল-হীপ কল্লি। হৌদোং লাবগী লিংজেল চেল্লি, শিনি নানি থঙগন্দে মশিংখা মরীংজেল থাব। মরাইথুং অমদি চেনগল্লি। ঈশিং সুংশিৎ য়েৎনগল্লি। সুপীদি নোংপোক মৈরম পক্লে। কুচু ঙোবী চানৈ, মচাদি নিপা ২ সুপী ৩ পোকল্লি। অহেনবদি কৌবামনি। মচা ২গী উপাই ফংগল্লি। মহাক্তি লাই থাক্তে, লাই নিঙগল্লি। শিনফমদি ললোন ইতিক কায়বার পক্লে। কিসুং পিরাই য়েৎ নত্রগা ওইদা শমত্রু নত্রগা চা থুংগল্লি। মচু ললগী মপূ ওইবগী খুদমনি। সুপীগী উপাই ফংগল্লি। লাংফমদি চহি ১১/১৩ দা লৈ, ইচাৎ থৌনিরগা কোক্কনি। চহি ২৮ দগী খুৎশু; খুৎলাইনা য়েংথৌবগী লাংফম্নি। চেকশিনবিবা কৈ। চহি ৩২ দা মযুম হৈংখোল অসি মৈদগী অকিবা ফংগনী। অরাক-অথঙ ফংগল্লি। পূক্লিং চংনা লাইনিংথৌ থুকমউ। চহি ৩৪ দা নাগল্লি অত্রবু কৈদোয়োই মচাক মরল চঙগল্লি। জীব পানবা তুই হৌদোং পুশিল্লবদি শরুখিগনি। মচা মশূ অফবা ফংগল্লি। মযুমদা মীয়াম চঙগল্লি। চঙকপা অযাম্বা অফবা মী ওইগল্লি। চহি ৪৮ লাংফম্নি, অকনবা লাংফমদি চহি ৭২ নি। চক থৈবা কৈ। যুম্নাই থূকমউ। ঙা-শিল তোবা কৈ। চহি ৮২ দা শক্তিবু থাগী য়ুমশকৈশা নত্রগা ইরাইগী মাচংবা মতমদা থোরগেম্নি।

থাংজ—মুমিত্তা পোকপা নিপাদি :—লেম্না মাঙবা য়াবা মী ওইদে। মরীল থার। অকিবা লৈগন্দে, নাপল চাউই। অঙম্বনা নিংথৌনা চাল্লি। মহাক্কি হায়েঙগী লিংজেল চেল্লি। অচৌবা অপা চাগল্লি। মরল মথুম মতূ মচা অহানবা তম্বদি কায়নগল্লি। অকোনবগীনা চানগল্লি ইনাক থুনগনি, মরল লৈগনি, লাইরিক হৈগল্লি। মুপীদি পাঞ্জা খুঞ্জা তাবা মমা-মপা য়াৎপা থোকল্লি। লৈপাকপোকপা শগোলশেন পোকপা মুপী চাগৈ। তোক্লোইদা মুংঙাইগল্লি অঙাং ওই-রিবৈ য়ানা হৌই। মপা ঙম্না কায়নগল্লি। মপাদগী অহেনবা য়ুম্বাল লৈ। মাবু কোনবা লাইদি নোংপোক নিংথৌ মুমিৎনি। নোংপোক অপানবা মুমিৎপু থুরুমজৌ নিঙজৌ মুংঙাইবা কংগনি। পূল্লি শাংই। হেক পোকপা, মালেমদা তাবা মিনিট ৬ লোমদি কপথিদে অদুম্না পূকচেল তপ্পা য়াথল লৈবা লাইবু থাজবা ওই। লাংকমদি চহি ৪৮ দা, চহি ৮ দগী ১১ য়োত্রিমবৈ ইচানি হায়পমু মতুগী মপুংদা চক থৈবা কৈ। নমুম লাইনিংথৌবু থুরুমজুনা ঙমুনা তাশিন পীমু অজুনা অকবা ওইগনি। মতম অয়াম্বদা মুংঙাইবা ওইগনি। চহি ৪৮ দা অবাবা কংগল্লি। মী চাক পীজরগা কগনি। চহি ৫০ য়োগ্রবদি নিঙবা থুংই মুংঙাই য়াইকবা ওই। মচাদি নিপা অমা মুপী ২ গী উপাই কংগনি। অহেনবদি থোহামনি নাইতোম তাথিনি, চহি ৮৭ থোয়রেমি। অসি

লানথ্রবদি ১০০ য়ৌগল্লি য়েন্না থাগী ২নি পানবদা ইরাই খোকপা সুমিৎ নত্রগা মপোক সুমিৎকী সুমিৎনা খোক্রকপা মতমগী অয়ুকী পুং ৬ তা পুন্সি লোইগনি।

## চয়োল ৭ কী মনুংদা পোকপা নুপীশিং

নোংমাইজিং সুমিত্তা পোকপা নুপীদি :—মাবু পোকপদা মমাগী লাউরেক চাউই। হন্না হন্না তাঙ্গা অহল্লক পোকদবগুম তৌরগা পোকন্দে, অকোনবদা পোকই। মতনা মরম ওইদুনা নিপা নিংজেল চেন্নি, মরীম খার মীগী মপুক্তা লৈবা রা খজল্লি থাগৎলগা খেন্নগা কবা মীওইনি। অকনবিং শিংলবদি নুং অচৌবগী শম্বা চাদবগুম্বনি। মপুরোইবা মকম অকানবা রাখল কায়গল্লি। নুমশকৈখা, ইরাই, পোকপা নিপাগা পক্কা চেল্লি। মাসি খঙনা চৎলু মাবু কোনবিবা লাইদি নোংপোক নিংথৌ অপানবা সুমিৎপু নিতিগী থুক্কমক্তৌ সুংজাইবা ফংগনি। চহি ১৫। ১৭ তা সুংজাইবা ফংই। চহি ১৮। ১৯। ২০ দা মচাক মরল ফংই, মদুবু অকায়বা অমুক ওইখি। খোরিদা শমত্রু লৈগল্লি, পুকন্থ লৈগল্লি, মচা নিপা মুপী অনিমী উপাই ফংগনি খঙউ। মোইরাং লাইদি কৌব্রুরোমপী

নিপাদি য়াম্না পক্লে, য়মাং মনিঙলোমগীদি পক্লদে মীগী মপান চাদে, মথুংকী অমদি মরম্নাই য়াখলগী লম্না সুং-ঙাইগনি। চহি ৬০ লাংকম্নি। লৈমরেল শাইওন অথোইবা ইমাগী থৌকমক্তৌ সুংঙাইদ্রে ফংগনি। মতুংগী পুনশিদা মচাক্ মরলগী মথেম্না ওই। মী পুম্নমকপু খুত্থম চনবা ঙম্মী। চহি ৮৭ মেরা থা ২৪ নি পানবদা লৈপাকপোকপা থোক্লবা সুৱিং নত্রগা নোংমাইজিংদা মাগী থোয়রেল ওইগনি।

নিংথৌকাবা সুমিত্রা পোকপা সুপীদি:—মহাক্কি অকুবা সুপী ওই, লেম্না মাঙদে। মপুরোইবগী সেবা থবায় য়াওই। মপুক লুই, পুক্কা য়া থমগনি, হৈ-শিংই, ঈ সুংশিৎ শেংগন্দে। মরাইথুং চেনগনি। তুপদা মঙ-বা সুংঙাইগন্দে অরাক অথঙ-ননা থংপেক থংবা তৌগনি। ফিনেৎকমদা শমত্রু লৈগনি। কম্লাক, শেগ্রাক, থোয়দোদা শংক্রু থুংগনি। চাবা থকপদা খুদোল কাঙনা চাগনি শগোলশেন থাংজা পোকপা নিপাগা য়ুম্বানবদা পক্লে। মাইকৈদি অরাং চিথেগী নিপাগা য়াম্না পক্লে। চহি ৮। ৯। লাংকম লৈ, থাঙ ভেম্না শোকানি। চহি ১১ লাংকম্নি ১২ চঙবদগী অমুক ফবা হোই। চহি ১৮ দদি মীনা কল্লকপা মতম্নি। অতুনা ইশাদা অথং-অরাকী মীপাইবা মাকিবা লৈ। চহি ২০। ২১। ২২ লৌরী শিংজা ফঙ্গনি, অফবা লক্ক ওই। মচানিপা ৪ সুপী ২ পোকনি।

মচানিপা ২ গী মপাল ফংবা ভম্মী। নিংঙোল ওইরিবৈ মীনা কমকপদগী রাযাম থোয়ামগল্লি। অদুমওইনমক মপূ-রোইবগী মপাল চাগল্লি, সুংঙাই য়াইকপললি। যুথগী মবেল্মা ওই। মানা লৈবা য়ুমগী অরাংলোমদা খোংবাল লাইরম লৈগললি। ইপা ইপুনা লৈবা য়ুমম থোক্লা লৈগললি। চহি ৪৮ ইংখোল মাযরোং ফাৎলি। কত্তবা লাইনা যেংগললি। ( ইংখোল মাযরোং ফাৎপা হায়বদি দযা কত্তবগী মরম্না ইংখোল থোঙ বাংই হায়বনি ) ইমুংগী লাইনিংথৌ থুকমজৌ। চহি ৮৬ কী কালেন ৬ নি পানবা য়ুমশকৈশা ভাবা সুমিৎ নত্রগা নিংথৌকাবা মপোক সুমিৎকী অয়ুকী মতমদা খোযরেন ওইগল্লি।

লৈবাকপোকপা সুমিত্তা পোকপা সুপীদিঃ—কবিত্তম্বা শাউত্রবদি নীক্লা শাউই, মপুক্তি কৈ। মীঙোন্দা পীজ পীথক পাম্মুদে মীনু শি থঙই। অতুমওইনমক মপূরোইবগদি তোযনা থৎনগল্লি। থম্বল চাউই। নাই-শনগী মবেম্মা ওই, অফবা মীনি। চহি ৮। ৯ দা অনা অয়েক নংবদগী অহল লম্মন ফাওবা থরায় রানগল্লি। মরমদি পোকপা মতমদা খোযরি-নাউরি চিংনগনবননি। মিৎপাল পাগল্লি, ভকশম ভামই। খোরী মযাদা শমক্র লৈ, যাঙলেন্দস্থ ফিসুংদস্থ চা থুংগল্লি। ঈ মরী ঈশিং মরী কমা পাংদে অমুক কৈ অমুক কত্তে তৌগলি। চহি ১৭। ১৮ দি মীগা লাইগা মুমবা মতম্রি।